ধর্ম্ম মূলক

(পৌরাণিক নাটক)

# শ্রীবৎসচিন্তা

মণিপুর সরকার, শিক্ষাবিভাগকী মতেংম কোংখ

---

প্রকাশক
শ্রীতোম্বা শর্ম্ম
শরাং পুখ্রি মপাল

# রচয়িতা

জগদীশ
শরাং পুখ্রি মপান
ইম্ফাল

অহানব চেকোং জুন. ৫, ১৯৭০ ইং ইরাই
লাইরিক মশীং ১০০০

মন পুস্তক অইবগীনি।

মমল রুপা ২'২৫

# শ্রীবৎসচিন্তা

ধর্ম্মমূলক ওইব হিন্দুগী পৌরাণিক কথানি। রারি অসি তাঙখৈ অমদি রায় ইকায়থুম্বৰ অমস্তুং থাজবগ লোয়নন শ্রেহরোজ শনিঠাকুর পূজা কচ্চৰ মীওইবগী মফমদ অকিবগী মশক ওইরব অরা অনাদগী লাম্হোকপ ঙমদৈ। পুথোকচনিংবদগী অসিগুম রারি অসি তেত্তর দৃশ্যকাব্যগী মওংদ অভিনয় তৌরে। মিৎয়েং তাখিব সদজন পুম্নমক্ শনিদেবন অফব মঙ্গল পীবিসনু।

লাইরিক মচা অসি ছাপা তৌবদ তরুণ প্রিণ্টিং ৱার্কসকী মেনেজর শ্রীযুক্ত নৈরেন সিংহন রায় থরাই রাওন চেকশিন্ন থবক তৌবিব অমস্তুং শ্রীযুক্ত কেশব শর্ম্ম ময়াঙ্গ থংনবন কেতুকীশর্ম্ম রাজ ষ্টোরন প্রুফকী মতাংদ নত্তম পাংথিব য়াব তোংবাং পীবিখ মসিগীদমক ভদ্রলোক অনিবু হন্ন-হন্ন থাগৎচরি।

অয়োইবদ ঐন আশা তৌরে, ইরৈবাক মচা ইবুংো ইবেম শিংগী মিংয়েংগী মথাদ মিংকুপ থরদংদ ওইরবনু তাত্থন নৈগনু অহূগ লোয়নন জাতিগী সাহিত্য ভাণ্ডারদনু।

লেখক।

# পাত্র

## শ্রীশনি ঠাকুর

১। শ্রীবৎস — প্রাগদেশকী নিংথৌ

২। মন্ত্রী — মন্ত্রী

৩। সাওদাগর — ছিত্রিকা লগোনব

৪। নাবিক — হিহোনব

৫। বাহুদেব — চত্রগী মপা

৬। " মন্ত্রী — মন্ত্রী

৭। সম্ভব অসম্ভব — তুম-শীৎনব --

ঐহৈ লগোয়গী মীশিং

অতৈ অতৈ-শৌগননচিংব ।

# পাত্রী

## শ্রীলক্ষ্মী দেবী

চিন্তা— শ্রীবৎসগী রাণী

ভদ্রা— বাহুদেবগী মচানুপী

মালিনী— লৈয়েংবী

# শ্রীবৎস-চিন্তা



অহানব মতাং অহানব উৎপ

## চৌংমাল

লক্ষ্মীদেবী স্বর্গদগী কুমথরকপ উ-ন্না অপুম্ব হাইন হমন লেঙই, লক্ষ্মী মোমোন নোক্কুনা য়েংই অমসুং জগোই শাই।

*　　*　　*　　*

লক্ষ্মী— স্বর্গগী লাইয়াম্ন লক্ষ্মী ঐগ গ্রহরাজ শনি ঠাকুরগ কনান চাউবগে হায়ব অৱেম্ন পারিচয় তৌব ওমন্ত্রে। হৌজিক্তি মর্ত্তলোক অসিদ কুমহন ধর্ম্মচেনব নিংথৌ শ্রীবৎসদ হংনরগনি। অতুগ মত্তিক চাব মঙ্গলসু পীরম্নগনি। লক্ষ্মী ঐবু মতম পুম্নমক্ত কাউব লৈতন নিঙজবগী মহৈ তাইবংপাল অসিদ তশেংন খঙহল্লগনি।

[ মোমোন মোমোন নোক্কুন চঙথি ]

[ শনি চৌংদগী কুমথরকপ নোং-মুংশিং তৌই, খঙহৌদন অকীব থোক্কেম তাই। মকু-কাক-কৈগী অকীব থোক্কেম নিরি ]

শনি— হা:-হা:-হা: লাইগী বিচার মীন তৌর। কৈ—হন্দক্তি খণ্ডগনি মীগী শক্তি য়েংগে— মরম চাুরি প্রমাণ পীহুন বিচারগী রারেপ পীব ভমলবদি কৈ··· ··· ··· নত্রবদি শনি ঐগী ইগুণ অস্তুপ চাউই হায়ব মর্ত্তলোক অসিদ খণ্ডহনগে। লক্ষ্মীন চণ্ডখিব মাইগৈ য়েংহুন] ভাইথো দেবি, করিগী নাইতোম চত্তুন মীগী মকমদ চিরোন তৌগে হোৎনারবনো ?

মাচং মীথাই নাইন চৎপ মীগী মকমম অচুব ধর্ম্মগী রারেপ লোকব হা: হা: হা:—

(চওখিব)

লাইট

১—২

## লক্ষ্মী

লক্ষ্মী—লক্ষ্মীগী শক্তি নওন মীওইবন লন থুমগী মপু ওইব ভমলোই।

শনি— ভাইথো দেবি-শক্তি উপাসন তৌব মীওন লনথুমগী মপূ ওইরবগ— মহু ওইথোক্তবনি। মীওইবন নাপল পাম্বদগী শক্তি পূজা তৌজবনি, নাপল অমদি ময়াই কাব থাদো-ক্লব মীওইব কাওবু পিকথম লৈরি; মথোম অহুন দেবি

নঙবু নিঙবদি হায়রুগদু নোংম ফাওব নহাক্কী মীং অসি পন্দে। মীচং মীখাই নাইব চৎপ মীওইবন মান—মানতৌব থবক্কী মতুং ইন্না লাইশোল মায়দে, ধর্ম্ম তিন্নদে লমচৎ খেন্নৈ। মী থুদিংমক্ত দেবি নংবু নিঙদে। হায়-রিব অসিগুম ঐস্ত্র অত্ত মঙাই। অত্তম্নদি ওইবনদ গ্রহ মাপলগী খোঙচৎকী মতুংদ মীওইবন পোকপ শিব নাইরি। গ্রহশিংগী মঙাল মশেক ফংবদ মী পুম্নমক অবা শুঙাইগী পরিবর্ত্তণ কংই। শনৈশ্চর ঐস্ত্র গ্রহ মাপলগী মতুংদগী অংখাইব গ্রহ অমনি শায়ন জগৎন খঙনরি। মসিদ লক্ষ্মীগ শনিগ কনান চাউবগে হায়ব অরেপ্প নিংগাম তৌবিনব তাইবংপাল অসিদ তাঙই। যম, বরুন, মাইগৈ ভাকপ লাইম্বাম্ন অরেপ্প বিচার তৌব ঙমত্রবদ মীগী মতিক লৈতে। অদুবু তৌজিক্ত মর্ত্তলোক অসিন কুমত্তন বিচার য়ারেপ তৌব তারি। মীনা কয়ামুক য়াম্ন অচুম্ব বিচার তৌবগে হায়বত্ত হন্দক খঙলগনি।

লক্ষ্মী—অরেপ্প পরিচয় খঙনসি হায়বগীদমক নিংথৌরেল শ্রীবৎসগী মফমদ চৎলব অসিনি গ্রহরাজ। মসিদ খোইন খন্নফম লৈতে। গ্রহরাজস্তু ঐস্ত্র শ্রীবৎসন তৌব বিচারন অচুম্ব ওইনরসি হায়দুন লেপনগ্রবনি, অমুক হন্ন খঙনিঙাই লৈত্রে। শ্রীবৎসগী সভাদ চৎলব অসিনি গ্রহরাজ।

[ লক্ষ্মী দেবী চংথি ]

শনি—হাঃ-হাঃ- প্রাগদেশকী নিংথৌ শ্রীবৎসন শনিগ লক্ষ্মীগ কনান চাউবগে হায়রব বিচার তৌগদৌরিব। শনি লক্ষ্মী অনিগী গুণ খঙদব পুম্মক খঙহৌরসু। খঙগনিদো শ্রীবৎস শনৈশ্চর ঐগী ইতিক—লাইগী বিচার মীন তৌব।

হাঃ—হাঃ — ... ... .... ।

# প্রাগদেশ রাজসভা

সিংহাসনদ শ্রীবৎস রাজা, য়েংথংব বেদীদ প্রধান মন্ত্রী, অকোয়বদ হকচাংশেনব কাঙবু অচুগ মহৌশান থাছন থম্নব সনাগী তাঙবল অমগ লুপাগী তাঙবল অমগ য়েং ওই কায়দন লৈ।

মথুংদ ঈশৈশকপীশিংগী ঈশৈ অমম্তুং মন্ত্রীগী থোক্লেন, মপান্দ বৈতালিক নিপাগী জগোয়।

—ঈশৈ—

প্রজা য়োকপিয়ে,  হুডাইন পায়ে,
শ্রীবৎস মহারাজ।
নঙগী নগুণ অচোব  পৃথ্বী শিনব থুংলিব
শ্রীবৎস য়াইফব।
ওইরি ধর্ম্মগী চেঙলো  প্রাগ দেশকী নিংথৌ.
শ্রীবৎস মহারাজ।
হুডাই য়াইফ পিশনু  হয়িন থৌজানবিসনু
শ্রীবৎস য়াইফব।

শ্রীবৎস—হঃ হঃ ঐবু থাগজবগ প্রজান পেল্লি, মীন মপান করিদৈ পুন্নমক্ত হুংশি। য়াবব মতমদ মীচঙ লৈতে মসিনি মীওইবগী লমচৎ নত্ত্র, মন্ত্রি।

মন্ত্রি— অজ্ঞে. মীওইবদদি তাকপিরিব সনা য়াথং অছু অচুম ওইগনি। অছুগ ঈশ্বরগী মকমদদি মীচং মীথাই লৈতে। মমিৎ অনিমক তাঙলব চাকনিব কয়াগী মথুং পাম্বছন লমজিংবিরি ঈশ্বরন। মীন মীগী মরূপ নত্তে। লেঙদব ঈশ্বরত মীগী মরূপনি।

শ্রীবৎস—নিংথৌগী মরূপ প্রজার নত্তগ প্রজাগী মরূপ নিংথৌর হায়ব্রু হাথল ফব মন্ত্রি। হৌজিক ঐ নিংথৌ ওইরি প্রজাগী নিঙব থুংদব করি লৈরি।

মন্ত্রি—সনা পুক্লিংনস্ প্রজাব্রু ঙংশিবিরি অছুগ শ্রীযুৎপুস্ প্রজান লুন মিঙজরি, পুক্লিং মায়রি মতম করি। প্রজাগী নিংথৌ ওইবিবত নত্তন মহারাজগী প্রজাস্ ওইজরি; থৌজানগী সমুত্রনি শোয়রি।

শ্রীবৎস—মী অমন থুদিংমক পেলহনব ঙম্ব নত্তে। ঐনব্রু নিংথৌ ওইব ভমত্র প্রজান পামজব মতুং ইন ঈশ্বরন মথোয়দ থৌজাল হাপ্পিবতনি।

প্রহরি— [ চঙলকপ ] য়ায় ইকাই খুম্নবগ লোয়নন খুরমই।

শ্রীবৎস—হায়ব্রু— করি হায়নিংই প্রহরি?

প্রহরি—মহারাজ, সনথোঙদ ভুমিংকী মঙালমুক লঙলব লাইগী মঙোঙম গুণ লৈরব মিপা। অমগ থয়ো অঙাংবগী কুকু ভরজবী লাইরেম্বীগী মুর্ত্তি মাল্লবী ভুগী অমগন মহারাজ উম্নব য়ানব পাও লৌজক হায়ন তাকপিরকই।

মন্ত্রি— ভিক্ষাগী মওংদ চঙজরকপ মীওই নত্রগ করিগুম লাইদা মঙাগ ওইরিগদ্রা !!

শ্রীবৎস—নত্তে মন্ত্রি হায়রিব রাজম আসনদি শোয়দন করিগুম দেব দেবী অনিগী মূর্ত্তি ওইরমগনি। চৎলু প্রহরি য়াম ইকাই খুম্নবগা লোয়নন পুশিনকউ।

প্রহরি—অজ্ঞে—[ সম্মান পীরগা থোকখি ]

শ্রীবৎস—ইস করিনো ! ঐগী মিৎ পাক্সোম খঙহোদন তোংজম পুক্নিং অসি তথক তথকই, করি থোক্লগব [ ফুচুংব ] ইস !! শাস্ত্রব সুংশিংন য়েরে হকচাং অসিদ—

মন্ত্রি— মহারাজ সনা পুক্নিং য়াম্ব তপথবিয়ু, থম্মোয়দ চেৎন হৌবিয়ু নিংশিংবিয়ু।

শ্রীবৎস—য়েংউ মন্ত্রি ! ছায়াগী গর্ভদ পোকপব গ্রহরাজ শনি ঠাকুরগা সমুদ্রগী মচানুপি লক্ষ্মী দেবীগা মর্ত্তলোক অসিদ কুমহুন শ্রীবৎসগী সভাদ লেংশিনবিরকই। ]

[ তওপ তরাংবা য়েংহুন লৈব ]

শনি— কুশলমতে আয়ুষ্মান— [ আষিশ তৌই অমসুং অপনবা লৈতন চঙশিনলকহুন লুপাগী তাংবল কমই ]

লক্ষ্মী—আয়ুষ্মান :—[ আষিশ তেরগা সনাগী তাংবল কমই ]

[ সভা পুম্নমক সন্মান উৎলি ]

শ্রীবৎস—তোল্লব ননাই শ্রীবৎসগী সভাদ, ওসি লুমিং থা-অনিগী মতোওম তানবীরব— করম থোঙাল পীনখিগে নিঙহুন লেংশিনবিরকপ — তাকশিনুপব মহারাজ।

শনি— মর্ত্তভূমি অশিদ ধর্ম্মচেনব অচুম্ব ভাণ্ডব নিংথৌ— মহারাজদনি হায়ন তাই, মরম অদুন মহারাজনা অকুপ্প বিচারন অশেংব য়ারেপ পীদুনা শনিগ লক্ষ্মীগ কনান চাওবগে হায়বদো ভাইবংপান অসিদ অমুকত থত্তহল্লু। স্বর্গগী লাইয়াম্না তশেংব য়ারেপ পীব ভমজদুনা মকম অসি তাম্না লাক্রবনি. হায়ন্নু মহারাজ কনান চাওবগে ?

শ্রীবৎস—[ য়াম্না নোক্কন ] লাইমক্ক বিচার তৌব ভমজব করিন্নু লৈত্রব মীচম্না করম্না তৌগদগে। ননাই শ্রীবৎসদি য়াম্না য়ান থোকলে।

শনি— নিংহম্নব পোকদুনা নিংথৌ অমন তৌব ভম্ব শক্তি ময়েং তাহনগন্নু মহারাজ।

শ্রীবৎস—[ লু লুক্ক লৈ ]

শনি— থল্লু থল্লু মহারাজ !

শ্রীবৎস— বিচার লোইরে গ্রহরাজ !

শনি— কয়ম নিয়মগী মতুংইন্না !

শ্রীবৎস—লেঙশিনবিন্নিব আসম্না।

শনি— [ কুক্ হৌগৎদুনা ] কম্নি হায়ব মহারাজ, করিন্নু লৈত্রব কমকম্না বিচারগী য়ারেপ ওইদুনা ঐখু অয়ানব ওইহনব করি—, য়েৎ ওই সনা লুপান খুদম ওইহনব; লক্ষ্মীন কয়া চাউব-শনিন কয়া পিকপ থত্তগদব খজিক্ত ভাইয়ে।

নব গ্রহগী মন্থুংদগী শনৈশ্চর ঐগী ইগুণ অগুপ চাউই
হায়ব খঙগনি— হাঃ হাঃ হাঃ

[ শাউন চংখি ]

শ্রীবৎস—অয়াবপ লোয়নন গ্রহরাজ শনি ঠাকুরগী অভিশাপ
মৈ ওইন চাক্লবদ শ্রীবৎসন কয়ম্ন খাঙগনি ।

লক্ষ্মী— য়াগদ্রু. শ্রীবৎস মতম পুম্নমক্ক নঙগী নত্তেং তত্তন পাংগনি ।
লক্ষ্মী দেবিগী শক্তিন শ্রীবৎসগী খুদোং থিব কয়াদগী কনব
ঙম্বগে হায়বদো থুদমগী মশক ওইন জগত্ত উহল্লমগে ।

[ আযাণ তোন তোন চংখি ]

শ্রীবৎস—ইমা—ইমা ইবেম্ম নহাক্কী খাজাস্ত মঙাইরে !

[ লক্ষ্মীগী খোঙদ তুংখি ]

লাইট

## ১—৪

## লক্ষ্মী

প্রজা অনি য়াখি শান শান খোয়কই ।

সন্তব— ঙসি শ্রীবৎস মহারাজগী সনখোঙদ নিপা অমগ হূপী অমগ
লাকপ'ত্ত অচম্ব অমত্ত নংলমত্রে । গ্রহরাজ শনি
ঠাকুরগ মাতা লক্ষ্মীগ ওইরম্নে ।

অনন্তব—উঁদি উংহোদে হায়রবু পাজবা য়াবা য়ায় খঙব্রি অহন
চুম্ন তম্মু তাসি সন্তব ।

সম্ভব— নঙসি মহৌশান মীন হায়রব থাজগম্লেনে। তাদদি তাখো চুমই চুমদে কোয় থয়সি। ব্রহ্মা, সুরাসেন, যম্ বরুনচিংব লাই পুমমক্ত চঙজন শনিগ লক্ষ্মীগ কনান চাউবগে হায়না বিচারণী মওংওইনা হংউবদ লাই অমত্তন বিচার অসি তৌব ঙমগনি হায়রকত্রমালে।

অসম্ভব—থাদি থাজদে হায়ববু কন হুঙাইদৌরি রারি অসি তম্মু তম্মু চেনা পলহনগনু সম্ভব।

সম্ভব— থাজদবসু থমথোংব তানিংবসু খ্রো খ্রো হেক খোংপ তোকপু তোকলসির।

অসম্ভব—তোক্তে হায়রবসু রারি লোইরগ তোকউ। থাজব থাজদবগী রা অত্ কোয় য়েংনরসি। ঐ থাজদন অশুভ তাগে. নত্ত য়ায় থাজন লিয়ু।

সম্ভব।— অসম্ভব অতুদি মরৈ অমুক য়েংলগহুকো। অহুদগী শ্রীবৎস মহারাজন হায়রকই, লাইমক্ত বিচার তৌব ঙমত্রবদ করিসু লৈত্রব মীচম করম তৌপদগে হায়না অরাবগ লোয়নন শনি ঠাকুরদ হক্চংলগ সনাগী তাঙবল অমগ লুপাগী তাঙবগ অমগ নিংথিজন সভা মমাংদ থারে, য়েংথংব সনাগী তাঙবলদ লক্ষ্মী লেঙশলে। ওইথংব লুপাগী তাঙবলদ গ্রহরাজ শনি ঠাকুর লেঙশিন্দুন বিচারগী মতম ঙাইথি। ঙাইহাক নিংথৌন রাখল তৌদুনা লৈরিবদ গ্রহরাজ শনি ঠাকুরন বিচার তৌরো তাকপিরকই।

মচুদ শ্রীবৎসন বিচার লোইজরে হায়না খুমখি। মী পুন্নমক ঙক্নখি মতম সি ···· ··· ···· ····

অসম্ভব— অধান অমত্তু লৌদন বিচার লোইরব।

সম্ভব— হেয়া তাদ তাখোনে ভাই। অহুদগী আসন্ন বিচারগী রাম্বেপনি হায়ন হংগৎলমই।

অসম্ভব— আই আই হায়রিবসিনদি যেৎথংব সনাগী তাঙবন্দ লেঙশন্নিব লক্ষ্মী দেবিন চাঙই হাযব ভাপু মহারাজন পুরেদন।

সম্ভব:— অহুনিনে মহাশয় শনি ঠাকুরন চ'হ তরানিথোই দৃষ্টি তৌগনি হায়ন অঙকপ ফংনা শাওখি। অহুদগী মী পুন্নমক কাযতুন পংচেম্দ চেনথ্রবনি। লৈবাক কায়-বর করিনো অমদি শোয়দন তৌরগনি।

অসম্ভব:— ওথোক্তে, ওইথোক্তে থাক্কব য়াব-রা নত্তে।

সম্ভব:— ওইশোকই ওইখোকই থাজগদব রা'না!

অসম্ভব:— রা অহু অসম্ভবনি হাযব।

সম্ভব:— রা অসি সম্ভবনি হায়বনি।

লাইট

১—৫

কোম্নুং মন্নুং অচম কা অম

চিন্তা মহারাণী শ্রীনারায়ন দেবগী মুত্তি পুজা তৌরি

—ইচৈ—

চিন্তা :— চানবী হৈব ইবুঙো

তাইবং পানবগী মপু,

নরায়ন হে হরি

চাংজৌ চেপ্ন থুরুমজে।

শাকপিন্নু নঙন অরাব,

পত্তি সেবা কায়ুহল্লব,

প্রত্যক্ষ শনি দেখন

পিন্নমলে অন্নাব মনা।

ছ'য়াগী মচা শনি

ইমা লক্ষ্মী দেবি,

অনিগী বিচার অসে

মীওইবন শুম নত্তে।

করি খোক্লগব চুংদ

খঙব শমদে রাখলদ

অন্নাবদগী কনবিয়ু

নরায়ন হে প্রভো।

[ লৈ খুজোক খুজোক নরায়নগী চরন্দ কংলি, নোঙ্ছুনা খুরমই ]

শ্রীবৎস :— [ অরাব মওংদ চঙলকই [

রাণি চিন্তা ! রাখলগী চাংজো থেংলহন নওন্ অরাব সমুদ্রদ ভারি । হায় রাণি, গ্রহরাজ শনিদেবগী অশাওব মৈম চাকপদগী নওগী অরাব থাওজবত নতন শ্রীবৎসগী দমক চিন্তান রারি । করম দেবতাদ নওন অরাব কোকুব হায়জরমই ।

[ নেপথ্যে :— শনি ( অকাশ বাণী ] ]

ভাউ —"শ্রীবৎস নওন ঐবু

ইকাইব পিখিব,

নৈরেবাক থাদোকত্তুন

চাকনিবগুম লম্বী খুাংং চৎহমগে—

খওগনি শনৈশ্চর ঐগী ইগুন—"

[ হাঃ— হাঃ— হাঃ — মায়গৈ মরিদ নোকপ ]

খুদক অসিদ অকিব ফংলব নোং শুংাশৎ তৌরকই. বজ্র তাবগী থোক্লেল উল্কাপাত, অমঙ্গলগী খুদম. মকু কাক লমচুইন লাক্ত লাক্ত থোংব । মহা উপদ্রোপ তৌরকপ ।

শ্রীবৎস :— ( অকীবগ লোইনন ) হাঃ- হাঃ- হাঃ-

সর্ব্বনাশ — পুন্নমক লোয়ন মাঙলে— নাক্সানি জগজ্জ- ননী ইমা লক্ষ্মী, নচাবু অমুক্ত কনবিগু ।

[ জ্ঞান মাঙহনা লৈমাইদ ন্নান্থখি, চিন্তা. লিংথোগী থোঙদ অকীব থাওহন লৈরি ]

( লক্ষ্মী দেবিগী আকাশবাণী )

"য়াগদু শ্রীবৎস— লক্ষ্মী দেবি লৈরি নঙগী নত্তেং তঙ্গন পাঙগনি" প্রজা ময়াম চঙলকপ [ নেংদ য়ায় নিনব ]

প্রজা অম— [ থরাই শোক্ল ] মহারাজ প্রজা পুম্নমক লোয়ন মাঙব তারে, লৈবাক কায়রে— অমঙ্গলগী খুদম মাইপৈ শিনব থুংলে। নুমিৎকী মৈশান উ-য়া পুম্ব লোয়ন কংলে। বনগী শা ঙান অয়ুক নুংথিলদ মীগী য়ুমদ চঙহুন য়ুমশ কয়া চিথায়রে। অকীবগী মশক ওইন পুথ্রি গুহান মখোল থোক্ল ঙাংলে, মী পুম্নমক থক্ থক্ নীক্ল কীনরে। নোংঙালমদাইদ অশাব নুংশিৎ শিংহুন মতম চাদন উচেকী তুম্ব থুগাইখিরে, মতুদ কীহুন লাক্ল লাক্ল খোংবা তাবদ পুক্লিং থুক্ল অকীব পোকহল্লে, অসিগুম্ব অমঙ্গলগী খুদম প্রজা অপুম্ব য়ানরে মহারাজ— অহ্গ… [ হায়ব ঙমদব ]

অনিশুব প্রজা—অসিদ নত্তন নোংমংদন বজ্র কয়া তারে উল্কা-পাত, ধুমকেতু থোকলে, নুংথিলদ থয়ানমিচাক তারে— হায়কম থঙদে মহারাজ— হয়ান চিন্দিগী মশীং অতক হেনগৎলে. অকনব ( ভুমি-কম্প ) মুহায়াবন পৃথিবী অসি মচেৎ মচেৎ থোক্ল চিংথাইরে। লৈবাক অসি অয়াবোক ওইরে প্রজা লৈব ঙমনদ্রে। অসিদসু নংতন প্রজাগী অকনব থোল্লাও অমসু লৈরি— মতুদি সনা মাঙদ হন্দচব ঙমজদরে মহারাজ।

শ্রীবৎস—[ দুংশা মখী তোন্দুন ] হায় চিংনব লৈতন হায় শ্রীবৎসন প্রজাগী পেন্নব হোৎনবদ থরাই অসি মাঙখিগে।

ব্রাহ্মণ— মহারাজ প্রজা পুম্নমক লোয়না চিংনয়ে মহ চাওরব শমিন হয় হয় অভিশাপ তৌরবদ কয়িগী ইংথন লৈরি।

শ্রীবৎস—ভাকশিন্নু ব্রাহ্মণ কয়ি তৌরগ প্রজান পেনগনি।

ব্রাহ্মণ— [ শাওন ] হৌজিকমক নরৈবাক থাদোক্লুব চৎলো। অভিশাপ কাংলব নঙগী মরমগীদমক ময়ান লৈত্রব মী পুম্নমক মাঙব ভায়ে। মহারাজন লৈহৌগে হায়রগ ঐখোয় পুম্নমক হৌদন চৎলগে।

শ্রীবৎস— [ থরাই য়ান ] নাত্ত ব্রাহ্মণ মিংকুপ মসিমগী মথুংদ খোঙশায়গনি, হে ভগবন ননাই শ্রীবৎসনা অরাবসি য়েংহন পেনবিয়ো প্রজাগী পেন্নব হোৎনবদ রাজমুকুট অসি নঙগী চরণদ কৎচরি। [ মুকুট থাৎব ] নিঙব কায়রব থম্মোই অসি পুত্তন চৎলগে। দুংশিরব প্রজা পুম্নমক লৈহো-য়োকো— চৎনু চিন্তা।

[ অরাব মঙাংদ শ্রীবৎস চিন্তা চৎখি ) প্রজা ময়াম তুমিন তুমিন্ন লৈহৌই।

## মাইটৈ

১—৬

লক্ষ্মী

নিয়ন্তীগী ঈছে ( লক্ষ্মীন )

নিয়ন্তী—(লক্ষ্মীন )

মাঙখরে মনি
চৎখরে শ্রীবৎস
কণ্ঠুন কপতুন
প্রজা খাদোকখরে ।
মরুভুমি ওইখরে
লৈকংলা ওনখরে,
তাখরে দুত্তাইব দুমিং
ওনখরে অমম্ব অহিং ।
চৎলগে ঐন্ত—
মান লৈব মকমদ
রামিন্নগে অন্নাবদ
দুত্তাইমিন্নগে দুত্তাইবদ ।
( লক্ষ্মী দেবি তন্ন তন্ন চঙখি )

লাইট

## ১-৭

## বন

[ অরাপ্পদ চাংশ্নাগী-পাং ]

শনি:—[ শ্রীবংস-লাক্কদব মায়গৈদ য়েংহুন লৈব ] খঙগনিদো। শ্রীবংস-লক্ষ্মী খুদিং চাক্‌নবগুম চংহনগে, কমকম বিচারগী রারেপ ওইহন্দুন ইকাইব পোখব—মর্ত্তলোক অসিদ শনি ঐগী ইগুণ খঙহনগে— ॥

[ খঙহৌদন মাঙাখি চংখি )

[ অমোংপ-ফিজোল শেংলব শ্রীবংস অমসুং চিন্তা তপ্প তপ্প চঙলকপ । )

চিন্তা—অহিংগী অমম্ব লাক্কবদ করম বন অাসদ খাঙগনি মহারাজ; শা-কৈন খল্লব অকাবগী মশক ওইরব মফম অাসদ চংপদ চোকখরব হকচাং অাসিগী শম্বুংকম ওইরি। পুন্নমক অাসিগী মথক্ত মতম কুইন চগা হেল্লকপগী রাবন খরাই অসি পুব ওন্নক্কে মহারাজ— । [ খর কুইন হোম্দুন কমথরি )

শ্রীবংস:—কারি অমুক হাগ্নসিগে চিন্তা। মন্নন শুমহংলব মীগুম জ্ঞান পুন্নমক মাঙখয়ে। কদায়দ চংলগ অরাব কোক্কব করম তৌবদগী মফম অাস য়োৌরকলিব পুন্নমক মণ্ড ওইহুন খোক্কয়ে শুর্সাদ।

চিন্তা:—( কপ্পুনা) লৈবাক্কো নিংখো অমন চাকনিব অমদগীসু হেন্ন তোন্নব— । কনখ্রেদ শনি দেব নঙগী দৃষ্টিসে।

মাওইবদি হায়রুগনু ইন্দ্ররাজ শোয়ারেন কাওব থাওব ভম্‌রোও। হনা হবৈস্যা লক্ষ্মী দেবী ননাইগী অয়াবসে উবিত্রব হমা।

শ্রীবৎস:— চিন্তা নওদি কপ্পুন অয়াব থাওদি। ঐন অভাওদা নপুন লোকপুন লৈর। নঙ ঐন ভৌরকপ থবকী মহৈনি। নহালমপোক্ত কয়া য়াম্ন পাপ ভৌরকপ করম মতমদ লৌইবব—! অরেপ্প মাওহবন খওবওমদে।

[ লাওদবন মাইগৈ অমদ য়ংই ]

এ. লা. দ চংলবাদং অসি ঙা, ফাব ডুমগী কাওবু ভহয়য় লে—। মখোযদ চাননব ঙ, অমত্তদি নিরু-খেগে - [ থজিক্কং লোক্তুন ] চিন্তা—নঙ ভাইহাক্কং পোথারমউ ডুনদগী চানব ঙা নিরুগে। মহাশয়! অমুক্ত ভাগ্যবথো কারিওম অমত্ত হায়জহোগেব।

[ কৌন-কৌন খোঙলৈ খর থুন ভারিথি ]

চিন্তা:— [ নংখোন চংখব মাঙলৈদ খয় চঙশিল্লি অমুক লোকহ।] য়ান থাওবব ঙান হায়চুন পিনিংক্রমায়েদো। মখোয়গী নপুংদ মাপুংশথওব মা অমত্ত য়াওজবয়। এ এ: কনা গুম্ব থে জাদ হেব অনন কয়া হরাওন পিরিব। ভসিদ অয়াম্ব কৌরুনি।

শ্রীবৎস—[ হরাওন মপুংদগী কৌরকই। ] চিন্তা! ভসিদি চয়া হেনবক অয়াব কোরুগান শে নিঙথিজন লোয়রো [ শীব ]

চিন্তা— [ হয়াওন লৌই ] করি ঙানো মহারাজ।

শ্রীবৎস—ঙমু হায়ব ঙা অতুনি। খাম্ব ফানজ পোংনি অতৌবু মীওইব হায়ব অসে লোয়ন মীপুংশি খঙব ওইরমদে চাকনিবগী মগুণ খঙলব ঐগুম্ব অমন যাম্ন করাঙন মীরকনি।

[ চিন্তা ঙঃ লৌরি, শ্রীবৎস ভাইতাক পোংথারি। ]

চিন্তা— মহারাজ, ঐশিং থরদং লৌক্তক্রম শুইন ঙ অসিগু চাম-থোকচক্রগে মিকুপ খরদং পোংশানিরমই।

[ চৎখ ]

শ্রীবৎস—চৎলু চিন্তা- মোম্ফুম মোক্ষেক নকন্ন চাউবক্রবা নিংথৌগী মচানুপীন বনগী তাংখং মরক্ষ পোংথারি। মাগাগা চিঙ্গান্ত চারকলবনি. অদুবু ঙসিদি অকংব থাক চাতন অরাম্ব কোক্ত-গদৌরি। অদুক্তপানিদ মীশইবগী পুক্তি।

চিন্তা— [ অঙকপগ লোয়নন চেন শক্লকই ] মারদে মাঙলে মহারাজ, ঙা অরৌবন পুক্তী নাম্বোক্তুন ঈশিং চেনথারি।

শ্রীবৎস—( ঙক্তুন ) কার হায়দ চিন্তা ! ও অরৌবন ঈশিংদ চেনথ্রব !! হা: হা: ঐখোয় মাদরন লোমরম শিরগনি। কনথ্রেদ শনিগী দৃষ্টি. মফম অসিদগী থুন চংথ্রসি। মফম অসিদ ঐখোয়ম লৈরগ গ্রেতরাজন মাম্ন শাওর মাংলে।

[ শ্রীবৎস চিন্তা চংথ ]

শনি— [ থোরকই ] নবগ্রহগী মন্থাংগী শনি ঐ। হেগুণ অগুপ করি হায়রবদো খঙলেদন শ্রীবৎস— ঙা, অরৌবন ঈশিংদ

চেনহনবত নগুন নঙখী অমত্ত ঙাইজরবী চিন্তাগস্তু কাইনহনু খিগনি, বিচার—বিচার। লাইগী বিচার মীন ভোব খঙলহ্রদো শ্রীবৎস। ছুইন খকপ ঈশা লুখাক ইকরব পাপ্ চেন্নব নরাধম নঙনস্তু ঐবু ইকাইব পিব। রাৎলি নপাপকী মতু ইন্ন ফংগদব দোষস্তু রাৎলি। মিকুপ থুদিং পুংজা খুদাং নঙগী নতুং ইন্দুন নঙগী খুবোংখীনবত শীনগদবনি। ভুমিৎকী শাগৈদ পোক্লব ছায়ানী শুদ্ধ গর্ভগী মচা শনৈশ্চর ঐগী দৃষ্টি চহি ভরানিথোই নখক্ত হৈগে হাঃ হাঃ।

## লাইট

### ১—৮

চাংময়া শীংচনব ময়াম

শীংপুনব য়াউ, শীংজংব ককপ য়াউ ভোরি।

১বাঃ— ভসিগী শীং অসি কাহন মঙা কান শিংকনি হায়ব নিংত্রে।

২বাঃ—খঙদে ভসি ঐগী শীং অসি ওহোক য়ামথিত্রে, কাহন মঙা কান শিংত্রবস্তু মারিদংদি শিংকলনিংই। মীয়াম খাকপদ ঐগী পাঙ্গল অসি লোয়ররবনিনে

৩বা—য়ামত্রগ মখা থংব বন অসিদগী চল্লুসিদন অত্তুক য়াম্ন খল্লচন করি কাম্নগনি ঐদ কাহন মঙাগী শীংদি লাম্বরতুন অনি ফাঙবগী পুব ভমগনি হায়ব নিঙত্রে। পাঙ্গল য়াওত্রবনি ঈশিংগাদন চৎচরবনি।

১বা—খল্লবিত্তৈদ ফুং-ং ভাখিদৌরে চৎনব ত্তৌরসি।

[ ময়াম চৎকদবগী থৌরাং ]

২বা—চৎলসি চৎলসি—

৩বা—ঐগীসি অমুক্ত খোঙ্গৎলিয়ু।

১বা—নাসঙ্গ। অত্থন খোঙ্গৎপ ঙমত্ত্ৰ-নে ?

৩বা—কনানো লাকইব অসিদে—

১বা—কনাবুনোনে — ?

৩বা—আঃ-দ লাকইব মুপা অমগ মুপী অমগ

২বা—আই—লমাংনত্থন চৎকম খঙত্রব মীগী মতৌ মাঙ্গি।

[ শীঙ থাদৈ ]

[ শ্রীবৎস চিন্তা চঙলকই ]

শ্রীবৎস—মহাশয়, ঐ করিগুম্ব অমত্ত হায়জগেব—

১বা—করিনো হায়য়ু ত্তাসি —।

শ্রীবৎস—নখোয় ময়ামগী মগুংদগী খোঙ্গাল তৈব কনানো অমত্তদি চাক চরা অমত্ত পিজোগব চাব ফংলত্তব ঙসিগ থান মঙানি শুরে।

২বা—নখোয় কম্বিলমদগীনো কদায়দ চৎকদৌরিবনো।

৩বা—কারিমত্তা চিংনগত্থু হায়য়ু ত্তাসি।

শ্রীবৎস—ঐহাক প্রাগদেশকী নিংথৌ শ্রীবৎস হায়ত্থনি .... ... .. ।

[ মখাম হৌত্থন নোকপ ]

১বা— অঙাওব নঙবু প্রাগদেশকী নিংথৌ শ্রীবৎসনি হায়ব চুম্ন হায়য়ুনে মীনম্ব ঙাঙগত্থু।

২বা— মহাশয়, নহাক্কী তশেংব পরিচয় তাকউ, অহু ওইরবদি নহাক্কী উপায় তৌগনি মীনম য়া—অহুদি হায়গনু।

শ্রীবৎস—মহাশয়, ঐহাক অঙাওবস্নু নত্তে, মীনম য়াম্নু ঙাংজদে, থাংগৈগেশেংব শ্রীবৎস কায়বত্থনি গ্রহরাজ শনিগী দৃষ্টীদগী হৈরেবাক থাদোকত্তুন কোয়ন চলক্লবনি, খুদোংখিব কয়াম্নু নংলক্লে৹ অহুগী মথক্তে চাদবন থরাই অসি পুব য়াম্লে। চাকনিংদগী হেন্ন তোম্লে। চংখিব মাইগৈদ সুমিংন তারুব মকম অদো বন খঙদে চৌং লৈত্তে, মীন কীনরুব মকম-দত্ত য়ুম ওইরকলবনি। মহাশয়।

৩বা—লিংথৌ নংপ নত্তব থঙদে অতিথি অমগী মওংদ ঐখোয়ন উরে—করে তৌজিক্লে ঐখোয়ন ঙম্ব উপায় তৌরগে। মকম অসিদদি চাননব করিত্তুম্ব পোৎ অমত্ত কংলরোই—ঐখোয়গী থুক্কং তাম চংলসি, চানিংব নিংব থুংন চাব ফংগনি অহুগ মকম অহুম্নু লৈনব য়াগনি

শ্রীবৎস—ঐম্নু লেম্ন পিজগনু, মহাশয়খোয়গী তেংবাংবগী মশক ওইন শীং অহু অসিদগী পুজগে। লৈকম শীবিগনি তাবদ য়াম্নু হুঙাইজরে। থরাই ময়ামগ লোয়নন হয়েংদগী ঐম্নু শীংচনব য়াওজরগনি।

১বা—য়া অহু অচুবনি, লমচৎ থঙব মীগী য়াঙাংনি। অহুম তৌহুন পরিচয় পিগদবনি।

৩বা—পুকনিং শেংলবদি ঐখোয়স্নু মহম পুন্নমকক্তে মহাশয়গী নত্তেং পাংগনি পুরো পুরো শীং কোকথোং অসে।

শ্রীবৎস — [ চিন্তাদ অম খোনগংপিরি মাশু অম পুরি ]

চিন্তা নওসু অরাবণী শরুক অসি থম্ম লো—।

১ যা। — মহাম পুন্নমকস্তু চৎলসি—।

[ পুন্নমক মরী মরী চঙখিব ]

শনি — [ লাইরিক নাকলদ য়েপ্পুন পাঞ্জিণী মওং লোগ্নি, শ্রীবৎসন

চৎখিব মাইগৈদ য়েংলগ ]

লক্ষ্মী দেবী সমাংদ শনি শ্রীবু ইকাইব পিখিব—থাওই

শ্রীবৎস—।

## মধ্যান্তর

১—৯

# লখী

সাওদাগর ( হিদক' লগোনব ) গুংশা খিবগ লোয়নন।

সাওদাগর—ইস! ক'রিনো ওনি ভোখিবসিদি!! অতকপ পুয়মক তিহে। সমুদ্রগী লখীদ সনা, লুপা মনি মুক্তান থম্নব ঐগী হি আস লুপখরে খওহোদন। ঈশিং ময়াইদ অকা অপুয়বগী মশক্ ওগন হি হোনব য়াদন লেগু্ন লৈরে। করি উপায় ভোগান ঐ ধনকম খোক্তে, কয়ম্ব লাইদ ইয়াং পুজা ভোয়গ খুদোং খিব অসিদগী নাহ্মোকপ ওমগব।

শনি—( পাজিগী মওংদ চম্বলকত, সাওদাগর মুম্ব য়েংহৈ )

( স্বঃ ) শনি, মঙ্গল, রাহু কেতু মখোয় অসিনিসে পাপ গ্রহ হায়রিবসে। ( চৎকে ভোই )

সাওদাগর—( খুং গোয়হন ) ব্রাহ্মণ ৷ কিভাত মাম্নি অহুপ হৈ শিংলব জ্যোতিষীগী মতো ওইনম্ব উবে। করিগুম অনত্ত হংজগেব।

শনি—অঃ—ঐ ব্রাহ্মণনি হায়রিব পুয়মক অচুম্বনি। করি মনিত খুংদব লৈরে হায়দন ভাসি।

সাওদাগর—সনা লুপা হী য়াউতন থম্নব ননাই ঐগী হি অম ঈশিংগী লখী সমুদ্রদ খওহোদন লেপখরে। মসিগী মরমদ অতকপ কংলহুন লৈজরমলবনি। ঐগী লাইবক কবন ব্রাহ্মণম্ব ওইরব, জ্যোতিষ শাস্ত্রদম্ব চখোয় হৈবব অম

উনজব কৎলে করম্ব দেব দেবি ইয়াং পূজা তোরগ হি অসি চৎপ য়াগদগে অমুক্ত ডাকপিয়ুগয। মত্তিক চান দক্ষিনা কৎচগে ব্রাহ্মণ।

শনি—উম হংকম খোকঙ, য়ায় রান লৈরমলেদ—। মহাশয়, নখোয় নয়া হিডিঙ্গা লেলোনব হাবরদো ?

সাওদাগর—অহোয়—

শনি—অহুদি মুয় ডারো, জ্যোতিষ শাস্ত্র হায়ব অসে য়ায় খাজন আদর তোগদবনিকো, অসিগুব শাস্ত্র হৈব মীবু জ্যোতিষী পাজি হায়রিবাসিনি। মহুবুয় য়ায় ইকাই থুয়গদবনিকো মহাশয়। অহুদি হোরসি—দক্ষিনা হায় খাদয়ো। দক্ষিনাগী মহুং ইম ফল কংব.ন, সনা মোহর অমভং তুক কজোসে—

সাওদাগর—নবগ্রহগীদনক সনা মোহর অম কচ্চরি। [ থুরমই ]

শনি—"সার্দ্ধ সপ্ত ঝসে যেষে তুদার্কাংশ ভবেৎ স্তিমিত রায়ুগম"

* উম—ওসিদি সুমিৎকী মৈশা অসি জল বায়ুগ অমস্ত ওইন পুয়েসে পুয়নক অসি পৃথিবীগী আকর্ষনীগ অমুক শয়রি। অহুগ ধাতুগী মশক ওইরব রত্ন কয়ামুক অমসু হিদ থয় য়াউরে। হিন লৈরিব লম— অনদি ঈশিংনখ অচ্চরাইদসু ধাতু মখল থর লৈব তারি। অহুনদি হিদ লৈরিব ধাতু অসিগ হায়রিব আকার্ষনী অসিগসু মরি অমুক লৈনরি। অহুদি হি অসি লেয়ন তারে। তৃতীয়া ত্রয়োদশী অনিগসু ঈশিদ লাই লৈ হাযনরিবনিদে। মহাশয়, কুগাদি কুইরোই। পুজাগী মশক ওইন থশক অমতং গ লৈদি, নংনবগ থুন তোখোকউ। শোয়দন হি অসি চৎকনি।

সাওদাগর — পুজাগী মওং শুপাইন তাকপিরো ব্রাহ্মণ।

শনি — খুংগং অসিদ নৈব শীংচনব কাওবুগী তুপী নয়াম অসিগী মনুংদ কনাগুখী সতী অমদি শোয়দন য়াওয়মগনি। হায়কিব সতী অসিন হি অহু হেক শোকপদ শোয়দন চংকনি মহাশয়।

সাওদাগর — অগুক য়াখ তুপীশিং অসিগী মনুংদগী কনান সতীনো হায়ব কয়য় খওগনি।

শনি — মতুগী যুক্তিদি য়ায় লাইন নৈয়ে। তুপী পুয়মক অসি সনা মোহয় অমমম পীতুন পোইন কোয়ো, অতুগ অমুক অমুক শোকহল্লু। ময়াম অতুগী মনুংদগী সতী অমদি শোয়দন য়াওয়মগনি। মহাক হেক শোকপদ হি হেক হোনব য়াগনি।

সাওদাগর — হিস্—মতুদি সনা য়ায় চওনিদ. খবক মঙ্গল ওইরবদি কৈ, অতুনস্তন মথোওসু চাদ সনাসু মাও. য়ায় চিংনগদোরিয়ে- -ব্রাহ্মণ।

শনি — মখা অসিদি ঐ খওত্রে, মহাশয়ন ফগদব য়েংদন তৌয়ো।
[ চংখিব ]

সাওদাগর —মঙ্গল ওইব পিনবিয়ু ব্রাহ্মণ। [ খুয়মই ]

শনি — তথাস্ত। [ মঙ্গল আশীর্বাদ ]

সাওদাগর —এগী শেশোং পুয়নকপ্দ দ পোইব চংবিব তাংয়ে.

ওক্তুগ শেলেঙ্গী কায়ব, মত্থ তৌরবদি মাঙলে, হৌজিকী অত্থবু নমথাক তৌব পাজিগ ওইরমগত্রনে !!

[ নাবিক চংলকপ ]

এ—তাল চান চঙকএদ করে, ঐ রা অম হায়গে মুম তাউ

নাবিক। খুংগাং অসিদ লৈখিব ফুপী পুম্নমক কৌত্থন হি অসি অমুক অমুকত্তং শোকপগী মমক সন মোহর অমমম পীজগনি হায়ন পাও চেঙ্গোকউ।

নাবিক—মরম চাদন সনা দান অসুক য়াম্ন তৌগদৌরিব অসিবু কাম্নব মরম লৈত্র ? মহাজন

সাওদাগর—সত্তীন শোক্লপ হি চংকনি হায়রি। অত্থন ময়াম অত্থুগী মমূদগী সত্তী অমদি শোয়দন য়াওরমগনি। পাও অসি থুন চেঙ্গোকউরো ঐ হিদ লৈরমগে।

[ চংখিব ]

নাবিক—তারো তারো থুজংগী ফুপী পুম্নমক সাওদাগরগী হি অসি অমুক মুক শোকপদ ফুপী থুদিংমক সনা মোহর অমমম পিগনি। সনা পাম ফুপী পুম্নমক অমুক মুক চাং য়েংজহৌ।

[ লাউন লাউন চংখি ]

লাইট

## ১—১০

# লক্ষ্মী

[ ব্রাহ্মণ অহল অমগী মূর্ত্তি লৌরবা শনি ঠাকুরগা চহু পাংহুন ঈশিং শোকপ চৎলিবী চিন্তাগা য়ারি শারি ]

শনি— সতীন শোরগা হু চৎকনি হায়না সাওদাগরনা লাওরমবদো ইমা। নঙদি তাহৌদবরা? নপুরোইবনিঙবী সতী হায়বতুদি জগৎতা অতাঙবনি। মতু অমুক্ত থঙহনবগী থুদম ওইনা সাওদাগরগী ফি অসি অমুক্ত চৎহল্লু, মতিকচাব মনা ফংগনি। মহুন লায়বব কোকপস্তু য়াই নবুংতোন য়ান শীং চল্লিব অসিনা তোক্লব অমত্তু নত্তন মরম কয়ামুক অমস্তু কাহ্নহল্লু। ব্রাহ্মণগী য়াথংস্তু ঙাকপ, নপুরোইবগী অয়াবস্তু কোকপ, সাওদাগরগী ফিস্তু চৎহনব, সতীগী তেজস্তু জগত্তু উহনলম্ব— অসিগুম্ব পুন্যগী থবক অসি অমুকতদি তৌরম্মুগব ইমা।

চিন্তা— তুপীন মবুঙোগী য়াথং য়াউদনা করম্ম থবক অসিবু তৌ-রুগদগে, পাপ ওইরোইত্রনে ঠাকুর; ঙসিদি চিন্তাগী পুক্লিং অসি য়াম্ম চিংনব পোকই।

শনি— এঃ মদোমদ থল্লবদি য়াম্ম রারগনি! কবিমত্তু তুংশা শিগস্তু "শুভস্য শীঘ্রম" অক্ষব থবক হায়বতুদি থুনা তৌহৌ হায়রিবসিনিদো, নবুঙোগী মঙ্গলস্তু ওইগনি। অহল ওইয়ব ব্রাহ্মণ ঐন সতী নঙগী কত্তনব তৌব হৌ-নবরা? থোইনা কুইগদব নত্তে, ঈশিং শোকপ ওইনা

সমুদ্র মপান্দ চৎলগ মাপী হি অহু মিংকুপ অমত্তং শোক অম্মগ লোয়রে। হজংহন্দাদ কুইগে হায়ন কুইরবদ দও অম মত্তাই। পুন্যগী মশক ওইরব থবক— মীগী উপকার হায়বসে তৌগব ইমা।

চিন্তা— [ ত্তাইহাক খল্লি। ]

শনি— খল্লু খল্লু ইমা য়ান্ন মুন্ন খল্লু।

চিন্তা— করে অহু মত্তায়রে ব্রাহ্মণ, চৎলসি কে নয়ায়ন প্রত্তো পুন্নমক নত্তগী ইচ্ছানি। [ মপুরোইব নিত্তশিংজন ] ইবুঙো ননাইবু অপরাধ লৌবিগনু।

[ অনিমক চত্তখি ]

[ চিন্তা চত্তখব মাইগৈদগী শীংচনব মিপা অনি শীং কোকথোং পুত্তন চত্তলকই ]

শ্রীবৎস—মরুপ, নথোয় এগী চিন্তা চৎখিব উরব্বর ?

শীংচনবা অনি—উম ব্রাহ্মণ অহল অমগ লোইনজুন সমুদ্র মপাল লোমদ চৎখি।

[ রা অসি হায়রম্লগ মুপা অনি চৎরে ]

শ্রীবৎস—চিন্তা—চিন্তা ( ত্তাম্রখি )

শনি— জুংলোমদগী য়াম্ন থুন চংলকলগ শ্রীবৎসন চৎখিব মাইগৈদ মুন্ন য়েংলগ থিক থিক নোকই।

লাইট

১—১১

# সমুদ্র মপাল

চিত্রাগ সাওদাগরগ রা ভাংনরি।

চিত্রা—পওলবী মুপী ঐবু নমথাক তোব ব্রাহ্মণ অমন [illegible] অসিদ হনদোকপিরমলে। মহাশয় চংচব রারগত্র, সনাগু কন্বিমত্ত পামজদবে। হি অসি ঐম খোকপদ চংলে॥ মকম অসিদ কুইন লৈখোকপ য়াদে। লায়রব শীংচনব অমগী ধর্ম্ম পত্থিনি লোয়নবিনি। ঈশিং খোয়াংবগী মৈশান থাওব ওমলমলয়োই। অমুত্তগী করিমত্ত চাখিত্রি ঈশিং অসি থকতুন অরাব থর হন্দোক্লগ শীং অচু অমুক কৈথেন্দ য়োনব চংকদৌরিবনি। মতুদ [illegible] শেল অচগী মহুৎন চেং-হরাইগ অমুক ওয়রগ নোংমগী অমাম কোক্লগদৌরিবনি মহাশয়। মতম অসি লৈসিনথরে। মুমিৎ অসি তাগদৌরে ঐ চংলগে মহাশয়।

[ ঈশিং চকু নাকলদ য়েপ্পুন চংকদবগী খোয়াং।

সাওদাগর—[ থংতুন ] ওাইখো ইবেম্ম ঐগী হি অসি অমুক হন্না সমুদ্র ময়াইদ লেপখিব কনান থওব। মরম অসিন ইবেম্ম মথাক হিনদুং অসিদ কম্বিয়ু চাকনিবগী মনাক পুন্সি মাওগদবগী শরুকপুদি সনা লুপাগী মথক্ত নেত্তুন মুওাইন পামুগব। মশীং নাইদব মীনাই মুপা মুপীন তত্তম সেবা তোহনগে লেওসি ইবেম্ম।

[ জলা পায়রুন চিংই; চিন্তাগী খৈশিং চকু তাচন কাই ]

চিন্তা—মহাশয়, ঐবু অমুক্ত থাদোকপিরমউ। ( কপ্লুন ) ঐবু অমুক্ত থাদোকপিরমউগদব।

সাওদাগর—নাবিক নাবিক কল্লি তৌরি হৌজিক ফাও।

[ অনি চঙ্খুন চিংব ]

চিন্তা—( কপ্ন কপ্ন ) হে সূর্য্যদেব ননাইগী যৌবনগী রূপ পুম্নমক মাঙ্খনবিয়ো।

নাবিক—কান্নদবনিদ তুগী লায়রন নপুন্সি লেনগদবগী শকক তুঙাই রাইকব মরক্ত লৈরহে।

চিন্তা—[ চিংদুন পুথরে ] হে সূর্য্যদেব ননাইগী সতীত্ব রক্ষা তৌবিয়ু প্রভো—। [ অকাশবাণী ] "রাগন্থ সতী নঙন নিঙব পুম্নমক থুংলগনি।"

সাওদাগর—[ অমুক খোরক্লগ কোইয়েং য়েংলগ ) নাবিক! হি অদু থুন হোন্নব তৌরো। [ চংখি ]

শ্রীবৎস—( থুন খোরকই কোয়েং য়েংই, মতুংদ চকু মচেং উব ) চিন্তা। চিন্তা! কদায়দ চংখ্রে চিন্তা আদ লাপ্ন চংখিব হিহোনব কাওবু অসিন চিন্তাবু ফাহুন পুখ্রবর? মকম খঙত্রে, শ্রীবৎসন চিন্তাবু থিব ফংদ্রে।

চিন্তা—। চিন্তা— !

চিন্তা—( অরাপ্পদগী ) মহারাজ ঐবু কনবিয়ু!

শ্রীবৎস—অপাকপ ঐয়াইদ শ্রীবৎসন কন্ন অমুক তৌগনি। মদোং থিবদ শকক থইরব পুন্সিদি করম লেনগনি? শ্রীবৎসগী

লাইবক অসি থিখরেদ হে নারায়ন প্রভো নঙগী সংহারগী মশক ওইরব মুর্ত্তি অদু পুর্থোকতুন শ্রীবৎসবু লৌশিন-খিরোগব। চাক্লব থম্মোয় আসি পুত্থন তাইবংপাল অসিদ লৈনিংত্রে। গ্রহরাজ শনিগী করব দৃষ্টিন মিৎকুপ থুদিংগী মৈ ওইন চাক্লে। [ প্রস্থান ]

( নেপথ্যেঃ সুরভী )

লক্ষ্মীগী মশক ওইরবী সুরভী— রারগদু শ্রীবৎস ঈশ্বরগী থৌজাল কংলদ্রি। শনিগী দশা চহি ১২ লোইগদৌরে। চিন্তাগী দমক চিংনগদু মতমগী মতুং ইন শোয়দন উরগনি।

শ্রীবৎস — মেঙলব খোঙেম, শ্রীবৎসগী চাক্লব থম্মোয়বু থৈংহনবী ইমা নহাকপু কনানো ?

লক্ষ্মী — লক্ষ্মীগী মশক ওইরবী সুরভী হায়বত্থ ঐনি। কৎতরব শনিন করি তৌব ঙমগনি— লাও সুরভীগী আশ্রমদ ঐন থম্মথে নঙোং পাংগনি ঐগী ইমাক্ত লাউ, অমৃতগী মশক ওইরব শঙোম পীরমগে। মসিগ লোয়নন লৈবাক তোংননৌ সনা থাঙেল থাঙেল কংগনি। ঐগী পাওতাক অসি থাজদব তৌগদু।

শ্রীবৎস — লক্ষ্মীগী মশক ওইরবী ইমা সুরভী নচান করি পুন্য তৌজবকতুন মপান মাইত্রব ইমা নঙগী থৌজাল কংলরিব— উপায় লৈত্রব ননাইন মকত্রব থুয়াপ চঙকরি।

লক্ষ্মী — লৈচিন পকত্রব অভিমান শেংলব ভূমিংকী মঙালন য়েৎওয় নঙগী ভাগ্য আকাশত মিংচৎক লোয়নন শোয়দন

তান্নরগনি। চৌজিক্ত ঐগ্ন চৎলগে৷ লৌজহৌযো অমৃত

ধারা—।

শ্রীবৎস — নোঙবগ লোইনন চঙজরকই ইমা— ।

[ চঙখি ]

শনি — [ তপন তপন চঙলকই. শ্রীবৎসন ]

চঙখিব মাইগৈদ য়েংলগ

ঐগী ইমাংদ সনা লুপা।

হঃ হঃ হ.

লাইট

১—১২

## বনশ্রী লক্ষ্মী

—মৈছে—

নিয়তী—

ঙমখৈ খঙদব অতিয়া

চাংজৌ লৈজ্রব সমুদ্র.

অমত্তনি — অমত্ত—

থেন্নব লৈত্তে য়াথলগ।

মিংকুপ পুংজা কয়ান

পুজি ওইরি মীওইব,

হৌখিব কপ্পা নিঙশিংনরি।
লোয়ব নাইদন নৈনরি।
লৈভে রাখলগী পক্লেক্কম
হৌখি তন্তন মঙমদি,
হকচাং অদিদি মাঙাখনি
লেমহৌবদি মীংচক্কনি
[ শঙ্ক শঙ্ক চংখি ]

লাইট

১—১৩

## সমুদ্র মপাল

শ্রীবৎস সাওদাগর য়ারি শাব॥

সাওদাগর—মহাশয় খোনগে হায়রিব সনা অসি মোহর কয়ানুঙ ওইগনি ?

শ্রীবৎস—সনা মোহর লক্ক অমত্তোমদি ওইগনি।

সাওদাগর—এঃ অছুক য়াম সনা অছুদি কদায়দগীনো, করি থবক তৌছুন ভাগি ?

শ্রীবৎস—অছু খোইন হংবগী কায়ব লৈভে, করিগুম ঈথয়গী খৌজাল অমদগী কংলকপনি। লৌবিগদব লৈরবদি মমল থুম তাঙনরসি।

সাওদাগর—পোৎশক উজিরৈদ মমল কয়া ভাওমনি. সনাবু কনাগী লৈবগে মকম অসি তাম হায় পুয়কখো, মতুংদ মচিক ভাব মমল ভাওনাস।

শ্রীবৎস—য়াম্‌বদি ঐগ খোঙন চৎলগি মকম তাকে।

সাওদাগর—হাছন য়োনব পোৎশি পুয়ককম খোকই. পোকয়ো মহাশয়, ঐ ভাইছন লৈতম্লগে।

শ্রীবৎস—কয়ে অছুদি পোৎশিখগে— [ চৎখি ]

সাওদাগর—নিপা অসি চয়ানব মী ওইয়য় য়াই, কিন্তম অসিদ অতক য়াম্ব সনা লৈবমগনি হায়ব ঐ থাজদে।

নাবিক— [ হিদগী কুমগয়কুন লৌ পাই ] তাকপিয়িব অসি অচুম্ব ওইগনি। সনা অসি কয়ম্ব ফংবগে হায়ব অপোংব তাকপ ওমখিদে। তাকু পোয়দন ওইয়মগনি কতয়ান উয়বদি পোয়দন কাখিগনি।

সাওদাগর—সিঃ! তুমিন লৈয় লাকএ নিপা অসি, মহাশয়, পুয়কও পুয়কও।

শ্রীবৎস—[কদি কয়া শেগায়বন য়োমছুন পুয়কই ] য়েংবিয়ে, মহাশয়, সনা মোহয় লক্ষ অমনি, ময়োম অহুম থোক্ল-লৈরি। সিম হায় য়েংবিখো।

[ ময়াম য়েংনৈ ]

সাওদাগর—ময়োম পুমমক তন পুয়কওদন অতুগ কোয় খোল থিনসি।

শ্রীবৎস—কয়ে মহাশয়. পুমমক পোৎশিখিগে। [ চৎসি ]

সাওদাগর—নাবিক, ময়োম অসি হি মথক্ত থমজিল্লু।

নাবিক— কগনি [ হিদ থমখ্রে ]

শ্রীবৎস—মহাশয় আসমস্থ য়েংবিয়ু, মোহর লঙ্ক অমনিন লোয়ন অমুকত্ত পুব ওমদে। কন য়াম্ন লুমই। হন্দকমুত্তংগ লৌক্লখিগে. অত্থগ লোইরনি।

[ অমুক চঙখি ]

সাওদাগর—কগান কগনি মহাশয়, নাবিক ময়োম অসি থুন হাপচিল্লু। হন্দমুক্তি মাবুস্থ হিথক্ত পুথংলগ শেল থিনসি হায়রগ সমুত্রদ ইস্থগদবনিকো। মকম অথাই অসি ওইব্র ওইথক য়াম্ন কংগ্রেদ হন্দকতি। থুগী অমস্থ য়াওয়ি, সনাস্থ য়াম্ন কংগদোয়ি। নহালগী পাজি অঙ্থ থুংশিরকইদ এঃ মহাশয়, হঙ্গং হন্দাদ য়াম্ন বারৈনিদ লাকপিরে—হন্দক্তি হিথক য়োবিয়ো শেলস্থ থিনক্লরসি।

শ্রীবৎস—মহাশয়, কংকাল অসিদ থি-নব কংলোইত্রনে।

সাওদাগর — মহাশয় য়াম্ন চংনরবরনে ? ঐখোয় ললোনব হায়বসে ওইদব ভাংদবনিদ।

শ্রীবৎস — ধর্ম্মবু কায়নত্রবদি অঙ্থ মঙাই মহাশয়।

[ হিথক্ত কাখ্রে ]

নাবিক — [ হি থর থর হোংলোকপ ]

শ্রীবৎস — এঃ মহাশয়, অমুক্ত ভাকবিখো। শেন থিনত্রিত্তৈদ হি হোনবিথিগনু।

সাওদাগর — [ পুম মিংথংনরগ ] থুংশা কয়িমত্ত থিগনু

নাবিক — মহাশয়, দুংশা করিমন্ত থিবিগনু।

শ্রীবৎস — [ ঈশিংদ ইদুখরে হি কন্ন হোনখরে ] তাল, বেতাল ঐগী থরাই অমুক্তদি কনু।

সাওদাগর — হি থুন হোন্নু নাবিক।

[ হি চৎখরে উথিদরে ]

শ্রীবৎস — [ ইচোৎ চোৎন ঈশিংদগী ভক থিনগৎলক্লগ অরাব থোক্কের। ]

ভগবান, প্রভো ননাইগী অরাবসি য়েংহন পেনবিয়ু।

## লাটই

১—১৪

# মালিনীগী কুটির ( খাংপোকশং )

শ্রীবৎসন য়ুম শংবদী মঙং ওইন লৈ।

শ্রীবৎস — মালিনী অসিন মচাগী মতোঙ্গ্ন কায়াদ লুন দুংশিন নিঙলিব—। ঐগী অরাবসি উরগ মহাকনু য়াবিদ্রি; পুন্নমক অসিনী মথক্ত চাকনিবদগী হেন্ন তোন্নব ঐন প্রাগদেশকী নিংথৌ শ্রীবৎসনি হায়বনু থাজরি। দুঃ দুঃ অঙকপনি মীওইব। কারিমন্ত থজব্রে। নৈরিং- বসিন মঙ ওইরমহুন অমুক্তং মঙ-কাওনহন মিকপ

থোকলক্লবদি সুন্তাইরগনিদা। মালিনী অসিন কোমুং কায়বদাইদ পাওমেললমই ঐগী গ্রহরাজ শনি দেবগী দ্বাদশ বৎসর দৃষ্টি, লোয়ব চুমিংনি হায়রি। রাজা বাহুদেবগী মচানুপী ভদ্রান অগদেশকী নিংথৌ শ্রীবৎসবু মবুঙো ওইন ফংগে হায়রগীদমক্ক চহি ১১ চুপন শিব পুজা তৌব হয়েং লোইরগনি হায়রি। পুজাগী অরোইব পূর্ণাহুতিদ শ্রীবৎসদ বর মাল্য হুকনি হায়রম্ব তারি। মতুং দমক মালিনীন য়াম্ন চেকশিন্ন রাজ সভা য়েনব পাওমেনলমী হায়রমলিব অসিবু মঙ ওইগন্ন তাইবং ওইগত্র! ঐ করিমত্ত মকম খঙদয়ে।

ছুত— [ চঙলকপ ] মহায়শ নত্র মালিনীগী মুমদ লৈ হায়বদো।

শ্রীবৎস—মান্ন মহাশয়, করি তাকপিগদব লৈবগে।

ছুত— অরোনব রা ওইন মহাশয়বু কোম্নুংদ য়োম্নকব য়াম্ন চেকশিন্ন হায়রকই।

শ্রীবৎস—মরম মুন্ন খঙবিবর মহাশয়।

ছুত— পৌণ্ড্রপুরগী নিংথৌ বাহুদেবগী মচানুপী ভদ্রা দেবীগ মহাশয়গ লুহোংগনি হায়রি। থিনব যাত্রে মহাশয়. ঐগ চৎমিংম্নরসি মালিনীনসু য়াম্ন খোরাংন তাইহৌই।

শ্রীবৎস—চৎশিন্নমলো মহাশয়। ঐ খোন্নদন লাকচরগে।

ছুত— করে অদুদি ঐ চৎলগে।

( চৎখিব )

শ্রীবৎস—মীন ভুজকনব মশক ওইরব ঐন কবম— রাজ সভাদ চংকনি। খন্নুবদ অমম্বনি, ভগবান কবি তবলিগব। ঐগ দুংখশজরব প্রজা পুন্নমকনু উব কংখিত্রে। মহু চাউরব শনি দেবন শ্রীবৎসগী সভাদ লেঙজক্তুন অঙকপ বিচাম হংবিখিবদ ঐন কমকম রাম্নেপ ওইখিব অহুদ শনি ঠাকুরন কল্লব অভিশাপ পিরম্বদনী প্রজা পুন্নমকন্ত জনথৈ লৈজন চিংনখি। মহু কোক্লনব শ্রীবৎসন সিংহাসন খাবোকপ— খন্নুবদ অঙকপ মঙগ মায়ন লৈরি। ঐগী দুংখিরবী চিন্তান কদায়দ চংখব। হৌজিক অমুক চাকনিবগ নিংখৌগী মচানুপীগ নুহোংব। হং হা হং অঙকপনিদ মতমগী ইচেল। শ্রীবৎসগী পুজিব কবি খোকখিব। যুগ যুগ থুদিংদ মম্নেক লান লৈহৌমসত্র। মতমগী মনা লোক্লখিগে ঐবু চিংনগনু চিন্তা। [ চথখি ]

লাইট

১—১৫

# লক্ষ্মী

## ঈচৈছ

শিয়ন্তী — অয়াবগী মতুং সুঙাইবন ইঙ্গি
সুঙাইবগী মতুং অয়াবন ইঙ্গি
নিংথৌ কয়া চাকানিব ওইরি
ভগ্য ওমদে মীওইবগী পুন্সি।
তাইবং শেম্ব মপুগী থৌদানি
পুরমক মাগী কুমৈনি ॥

[ ছক্র ছক্র চৎখিব ]

শ্রীবৎস — অঙকপনিদ মীওইবগী পুন্সি অয়াবগী ওমথৈ য়ৌরবদ পুক্রিং অসি ঈশ্বরদ নকশিন্নকই। অহুম জগৎপুন করিন্নু লৈতন থনব ওমসকই। যোগীশিংন অয়া চুঙাই অনিমকপু চপ মান্নন থনখি। সনা লুপা ঐশ্বর্য্যবু করিন্নু লৈত্রব অকাব উনাওক্ন পামলুদে। মথম অহুম মথোয়দ অয়াব লৈতে। সনা লুপা দুগী অঙাংগ মরি লৈনহুন হিংলিব মীওইবশিংগী মনুংদদি থুদোংথিব অয়াব হায়বসে মীকুপ থুদিংগী তোইন থোকই। অহু ওহব থুদোংথিবশিংগী মনুংদগী থয়াইদগী লাইবক থিব. ওমথৈ য়ৌন থুদোংথিব তাইবংপান অসিদ শ্রীবৎস নত্তন

কনা অমত্ত নৈরম্মরোই। ঐনা তৌব থবক্তী মহৈ ঐ.
নত্তন কনান চাগনি। ফরে—মতমগী মনা অসি লৌরগে।

[ চংখিব ]

ছুত্ত - [ শ্রীবৎসন চংখিব মায়গৈদ মুম্ন য়েংলগ ]

উম্ - য়াম্ন ররামাপে নিপা অসি লুহোংব চংপদ কপ-
লিম্মগে। রাগে হায়রবদি রাগে হায়বমখৈ রাব ম্রাই।
নিপা অসি রামল্লত্তন হারমাপেনেংগে— মসি রাবা যাম
হৈনব নিপা অম ওইরগ্ন ত্তাই। অরাব শেখ লোইন
শক থুংশিরক্তে ত্রুম মসি অরাব তোকহল্লমনিগে। করিম্নু
কায়দবদ অরাবনু মুত্তাইবদোন রারিগে— ঐথোয়দি
মুকম্ন রানিংবে রাগে হায়দন হেক তৌরকপদ ত্রুমত্তন
হেক নৈথোক্লগ লোইয়ে। নত্রগ তপ-তাবমখৈ তম্নগ
লোইরে তত্নিদেদ অরাবগ চত্তব তব পোং মত্তে সত্য—
হে ঈশ্বর মপোক অপিমপী নবাইবুদদি রাহনবিগগুকো
প্রত্তো।

[ ত্তাংন ত্তাংন চংখি ]

লাইট

১—১৬

# শৌতিপুর

( কোমুং মচুং )

বাসুদেব—মীওইবন অকব লমচংবী অয়াংব থাক কাব তাময়ি দান ধর্ম্ম কয়া তৌহুন অমদি মীগী উপকারদ থয়াই কাওব মাঙব কীদন মীংচৎ তাময়ি শাগেগী মচুংদ অকব মচা অম য়াউবদগী মীংচৎক লোয়নন শাগে অহু কাওব ওগৎন ইকাই খুময়ি। ঐখোয়দি কদায় ইচা গুপী অমত্তং য়াউং, অখোয়ব মপুরোইব কংনবনি হায়দুন চহি তরা নিংথাই চুপ্প শিব পূজা তৌরগ মশকসু খওদব লম্বীগী চাকনিবদগীসু হেয় ত্তোল্লব নিপ: অমদ বর মাল্য ছকথরে। অমজলগী মশক ভইরব থবক অসিন শাগে অসিবু লৈখা তান মাং-হনগদৌরে। কত্তব মচাগীদমক্ত মপা মমান য়াব শোয়দবনি।

মন্ত্রি— সনা পুক্রং য়ায় ভপথবিগনি মহারাজ নজা ইবেম্মসি অহুপ হাক্ক রাখল থেনবী অমসু নত্রি

বাসুদেব—[ খোওইদন ] ঐসু ফন শিংই হায়ন নিঙই, মহারাজ পামজব থবকী মহৈ মত্তোমত চাকরি। মনিংমথা তন্বী লুপী অসে মশাগী কায়নব হোৎনজবত্ত নত্তন অত্তোমগী কয়ি কায়হল্লিবগে। মাগী মশক অসি য়েংছন লৈগদবগী

শরুকপুদি হু চাত্তন শিখিবন হেন্ন কৈ। ওক্তবী মচাগী মপা বাহুদেবন হিংত্তন করি অমুক কান্নগনি মন্ত্রি। নিংথৌ ইমান্নবশিংগী মমাঙদ অখিব মীংচৎ অসিগ লোয়নন কয়ন থাঙশিগে।

মন্ত্রি— চাকনিবগী ফিজেৎ শেৎলবসু করিগুম লাইগী নোংদমদগী মতিক চাব সুপা অম ওইরমগনি হায়বসু থঙন্ত্রি। অরেপ্প পরিচয় অমত্তগ তা'খসি মহারাজ।

বাহুদেব—অরেপ্প পরিচয় হংবগী মহুক্ত ওক্তবী সুপী অসিগ লোয়নন খোঙপাকন কাউত্তন তাম্মোকাখবন কৈ। মখোয় অনিহু মকম অসিদগী লাপ্প তাম্মোকত্রো।

মন্ত্রি— সনা য়াথংন কল্লি মহারাজ।

[ থুয়ন্নগ চংখি ]

বাহুদেব—[ উত্তুন হক্সৎ কন্দা চৎলি ] থুদোংখিব হায়ব অসে খোকলকলোই হায়নিঙাই লৈতেদকো। বাহুদেবগী মচা সুপী ভজান চহি তরানিথোই চুপ্প শিব পুজা তৌবগী মহৈ চাকনিব অম ফংলব হাঃ হাঃ হাঃ প্রজান মুত্তক মুত্তক ভাংনরকপ মতুগী ইকাইব ঐন কনন্ন থাঙব— শ্রীবৎসগুম ঐসু বন্দ শোয়দে উমক্ ভকত্রেদ।

[ থরাং মেত্তুন ভুঙাইত্তবগী মওংদ লৈ ]

( ভত্রাদেবিন মাঙ থাত্তুন শ্রীবৎসগ চঙলকই অমসুং য়ায় কিন হায়রকই। মন্ত্রি নিংথৌগী মনাক্ত লেপ্পী )

ভত্রা— ( থুয়ন্নগ ) ইপা ইবুঙো নচান অয়োইব বিদায় নিজখি।

করিদু লৈমরবী সুপী ঐগীদমক সনা পুক্লিং অতুক হুণ্ডাই·
তকম খোকপগে পাখুং, ময়াখং অমম মিকুপ শিমগী
মখুংদ খক্লাই মাঙহল্লবদ কন্নান খিংবিনিজাই লৈবগে।

বাহুদেব—[ শাউন ] তানিংদে মশক অছু য়েংনিংদে।

[ শাউন লৈ ]

চিন্তা— [ কপ্ল কপ্ল ] মপাগী মখোঙদ মখুংন লাইবক অহমলক
কংলগ খুরমই। মখুংদ পুমমক্ত বিদায় লোই ]
লৈবাকী অঙম পুমমক মতম কুইনগী বিদায় শিজরী।

বাহুদেব—[ শাউনিংব কো দোক্লব রাহৈন ] চিন্তা, মঙদি মশক
মুম খঙলবর নিপা অসিদি।

চিন্তা— ইপা ইবুঙো, অচম্ব মী নত্তে। প্রাগদেশকী রাজচক্রবর্তি
শ্রীবৎস হায়বচুনি, সদাশিবগী কৃপাদগী মহাপুরুষ অসি
কংজবনি।

বাহুদেব—হা: হা: মশক খঙদব ভিক্ষুক অসিবু শ্রীবৎস—হুণ্ডাইদ
মঙগী কুমৈ - চাকনিব অসিবু শ্রীবৎস হা: হা: হা:
( নৈপথ্যে:— চিন্তাগ লোয়মন শাকমিল্লরব শনি ঠাকুরন
খুমকই অমসুং চঙলকই। )

শনিদেব—[ শাউন ] মাদি শ্রীবৎসনি— ( প্রকাশ্যে ) চিন্তা—
নবুঙোগী মমাক্ত চঙজো।

চিন্তা— মহারাজ।

শ্রীবৎস—চিন্তা [ কোমৈ ]

[ ময়াম পুমমক ঙকনৈ ]

শনি— রারৌগন্থ মহারাজ, সতী চিন্তাগ শোন্নন্ন অকম হুইনি হুঙাইন পানব ওইনু ।

শ্রীবৎস চিন্তা—[ পুন ] গ্রহরাজ শনি ঠাকুরগী চরণ তোঙ্গব শ্রীবৎস চিন্তান খুরমজরি । অং ওইনন মঙ্গল পীনবীয় প্রভো ।

[ অনিমক খুরমই ]

শনি— প্রাগদেশকী রাজ চক্রবর্ত্তি শ্রীবৎসগী মকমদ শনিন মাইথিব কংবগুম রারি অসি তাজব মীগী মকমদ শনি ঐগী দৃষ্টি চঙদব ওইরমহু । হৌজিক্তি ঐস্থ চৎলগে— সম্প্রতি অমত্ত ময়েং তাদন হুঙাইবগী মথক্ত হেম হুঙাইন পান্নুরো মহারাজ ।

[ অং ওহোকতুন বর পীবীরি ]

( শনি ঠাকুর লেঙথি )

বাহুদেব—মওগী মতোঙ্গ ওসিগী থোদোক অসি পুথক ঙকথরে । মহারাজ শ্রীবৎস ঐবু অরানবদগী অমুক্ত ঙাকপিয় । ইপাগী ইবেম্ম ভদ্রা, ইপাবু রারৌগহুকো— ইবেম্ম প্রাগদেশকী রাজচক্রবর্ত্তি শ্রীবৎসবু ইপ্মাক ওইন কংজব ঐগী লাইবক কবনি ।

শ্রীবৎস ভদ্রা—( পুন ) অঙকপদি মহারাজ । [ খুরমই ]

সাওদাগর নাবিক—[ সনা মরোম পুরক্লুন শ্রীবৎসদ পীং অথহুং মথোঙ পারহুন হায়জব ]

মহারাজ. সনা খোহব মশিং অমত্ত বাৎতন কৎচরবরি । ইমা ইবেম্ম তোঙ্গব সাওদাগরবু ঙাকপিয় ।

চিন্তা— অশাওব করিমত্ত নৈতে মহাশয়। মহাক্তুম রাবৌগদু।

বাহুদেব—ঐদি করি হায়ন আশীর্ব্বাদ পীগনি। হুমিং থান নৈরিব মথৈ শ্রীবৎস চিন্তাগী মিংচৎসি মুত্তব ওইরসনু।

[ মরাম পুন্নমক হুডাইব ]

বাহুগী মন্ত্রি—শোতিপুরগী রাজেশ্বর বাহুদেবগী অনিগুত্রবী ভত্রান শরদ ঋতুগী পূর্নিমাগী মতৌগুম মকুব মিংচৎন শার্গৈ অসিদ ডানব ওইরসনু।

চিন্তা— সদা শিবগী খোঙ্জাগ কংলবী শাইনিং চেৎপী ভত্রাগী মিচং অসি জগৎকী খুগী পুন্নমকী তমজনকম্ ওইরসনু।

( চিন্তাগ ভত্রাগ হয়াওন কোটৈ )

( প্রজা পুন্নমক হয়াওনব )

মন্ত্রি— জয় শ্রীবৎস চিন্তাগী।

( মরাম খুব )

—জয়—

যবনিকা পতন।

লোইরব।